জরাসন্ধ

( শৈরেং )




অহানবা ফোঙবা : ১৯৯১

রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগীদমক,
রাজকুমারী খেদাম্মা দেবী
সেগা রোড, জেলর লৈরক, ইম্ফালদা লৈবনা
অহানবা ওইনা ফোঙবা ।

মখুম : শ্রীয়ুম্নাম গুণিন্দ্র সিংহ

নম্বা : পদ্মা প্রিন্টার্স, পাউনা [illegible] ইম্ফাল-৭৯৫০০১

মমল : লুপা ২০/-

# য়ামাঙ য়ানবা

খৃঃ কুঃ ১৯৮৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ৩ দা অইবশিং অমস্তুং সাহিত্যবু মুংশিবা মীওই কয়ানা মতম পুন্নমক্তা মণিপুরী অইবশিংনা মায়য়োক্লুরিবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবগী সমস্যা অসি খরগী মতেং পাংবা ঙমগত্রা হায়দুনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল (অইবশিংগী মরূপ) কৌবা সংস্থান অসি ইম্ফালদা লিংখি। অইবা অমবু ময়াম চঙদুনা মতেং পাংবা অমস্তুং লাইরিক ফোঙবনা সংস্থান অসিগী মরুওইবা পান্দমনি। অইবা মশা মশাগী থাগী শেনখায় পুথোক্লদুনা অপূনবা শেনফম শাগংলি। শেনফম অতুদগী মথং মনাউ নাইনা লাইরিক ফোঙনবা শেনফম অইবা মেম্বরশিংদা ফংহল্লি।

শুপ্নগী অইবশিংবু পূক্নিং থৌগৎপা তেংবাংবা অমস্তুং মগুণ লৈরবা লাইরিক কয়া ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কৈ চোনহনবা অমস্তুং হেন্না ইনাক খুল্লহন্নবা চঙশিনবা খোঙজংনি। শেন্দোং তানবগী রাখল লৈতে। লাইরিক ফোঙবগী মায়কৈদদি খোঙজং অসি আন্দলোনগী মশক অমনি।

শ্রীরাজকুমার ভুবনসনা সিংহনা ইবা "জরাসন্ধ" কৌবা শৈরেং লাইরিক অসি ফোরম অসিগী পান্দমদা পুথোকপা ১২ শুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি থ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি।

লমাবম বীরমণি
জেনেরেল সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল, জুন ১৯৯১ ইং

# ৱাহৈ খরা

হৌজিক্কী মতমগী ওইরিবা ফীভমসিদা মীওইবনা লেন্নরিবা পুন্সি মরেল, অমগা অমগা লৈনরিবা মরী ফাওবা ভাব তাশিল-লক্তুবা, মশেল মরাংবা ফিভম অমনা নাক য়েত্তা ইকোয়দা কোযশিন্দুনা লৈবা অসিগুম্বা ৱাখলশিং অসিদগী পোক্লকখিবা শৈরেং অয়াম্বনি লাইরিক অসিদা হাপচরিবসি। কদায় ফাওবা চুম্লবা অমদি কয়া য়াম্না মরিক চুম্না ফোঙদোক্লবগে হায়বতুদি পাবি-রিবশিংগী খুত্তা শিন্নজরি। মরক মরক্তা সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা ফোঙদোকপা নত্তনা করম্বা কান্দা শৈরেংগী লাইরিক অমা পুথোকপা ঙম্লরুদগে হায়বসি চাউরবা পোৎলুম অমা ওইখি। করিগুম্বা কান্দসু ইকবগা করি কান্নরিবা হায়বা ৱাখলসিদা চপ যুংখিতুনা চঠী যনা য়াম্না করিমত্তা ইদবসু যাওখি। খঙবু খঙএ খঙদে নোংমা ঐগী মরূপ শ্রীলমাবম বীরমণি সিংহনা থেমতুনা, নমতুনা রাইটরস ফোরমগী মেম্বর অমা ওইহনখিখি। হায়রিবা রাইটরস ফোরম কৌবা মরূপ অসিদা যাওরবা তুংদা ইবা শৈরেং ৩২ গা হান্নগী চেফোঙশিংদা যোঙথ্রবা অমদি ফোঙদ্রবা কয়াগা পুনশিন-নরগা হন্দক্তা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। কনানা খঙবা বীরমণিনা হৌদোক্লমদ্রবদি ঙসিগী লাইরিক অসি উরমদবসু যাই। মসিগীদমক ঐগী মরূপ শ্রীলমাবম বীরমণি অমসুং রাইটরস ফোরম, ইম্ফালবু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱাহৈ খন্দোক খনজিন অমদি এনান চুমথোকপনচিংবা মতেং পাংবিখিবা ঐগী মরূপ শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ, হক-থেংননা প্রুফ লৌবগী দায়িত্ব ফাওবা লৌবিখিবা ইয়াম্বা শ্রীযুমলেম্বম ইবোমচা সিংহ অমদি ইনাও শ্রীশরতচান্দ থিয়ামগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসিগী লামায় ৯৬ তা য়াওরিবা "চাক্লীবা অমসুং উচেক শঙ্গু" হায়বা শৈরেং অসিগী

মমিংসি ঐহাক্না থোনফম খঙলকত্রবদা, ঐবু হেক তম্বীরকপা ওঝা ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহদা হায়জরুবদা ওঝানা হরাও হরাও থোনবীরকপগীদমক ওঝাগী মফমদস্তু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি। অয়োহৈবদা অরা অনা করিমত্তা থিদনা হরাও হরাও লাইরিক অসিবু নম্বীথিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইচিন-ইনাওশিংদস্তু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অইবা

# জরাসন্ধ

( শৈরেং ৫৩ )

# সনাহল লোকচাওগী নুংজাওশিং

লেপ্তুনা চংলি
মথং মথং
অমদগী অমা
পরেং শানা
সনাহল লোকচাওগী নুংজাওশিং
ইম্ফাল সহরগী লম্বেলদা
থাঙ্গান বাজারদা
পাউনা বোডতা
টিকেন্দ্রজিৎ রোডতা
হোটেল খুদী-
গল খুদীং

ইখঙ খঙহৌদনা

মথ মথং লোনখংনৈ
অহুদগী অমুক থাদোক্লে
অহুদগী অমুক লোনখংনৈ
অমা অনী মঙা মাপল চাম্মগা শুপ্না নীফুরক

অহুদগী করি
তুমিন্না নৈবা
অহুদগী করি
শুক্রুংদা য়েংবা।

॥ ১৯৭১ ॥

# ইম্ফালগী চাম্নবীগী মংকাদা

ঐগী ইম্ফালগী চাম্নবী
নঙবুনে—

ঙৌদা ঙৌবী কবোকলৈ
ঈংদা ঈংবী ইঙেল্লে
থোংতা থোংগী শিঙ্গারৈ
মেঙদা মেঙবী থাবল্লে

হায়য়ু
কবি ভৌগে নহাকথক্কী ঃ

সনা লৈবাক মণিপুর
অমুবা চীংলোন্না কোয়শীনবা লম
খোঙতেক মীত্তাং লাইর অনংনা ব গ্রবা
অতোনবশিংতনা পারবা
অহেনবা পোংথোক লৈজদ্রবা লম
লমদমসিগী—

চেঙ চাক লন থুম
চূম-শো কৈ অপুম্বা
বিদেশী মচা
মীনুঙশি থঙদবা
শেঙ্গাও পায়বা
কারবাররালাশিংদা

ঐখোয়গীদমক
ঐখোয়গী সরকারনা শিন্নবিবগুম
ঐগীস্থ শিন্নভগে নঙোন্দা
লৈজরিবা থৱায় মঙা
মিগা থানা তককমক
নখুবাক্তা ।

চুম্লিযু নঙনা ঈ
চুকপ চুকপ হালেঙবা লৈতা
নঙগী চাকথাউদা চোন্নবা
নঙগী নবুক্তা থন্নবা
মথোযগুম্না
নঙগী থম্মোযদা
পেন্নবা ।

পোংচৈগী মমলনা তান্নবা ফংলক্রবদা
চানবা চেঙ লৈরক্রবদা
অফং অফং লাক্লরক্লবদা
সরকারগী অথুবা
ফিয়ার প্রাইস পোলিসিগুম
নঙগীস্থ যেন্থোকখে
নঙগী ম্লুংশিবা
অহোঙবা মমলদা
অতাবা চাংদা
ইশুং ইমান্নবা কয়া কয়ানা
নতুং ইন্নরক্লবদা নঙগী

সরকারগী চেঙগুম

মখোয় খুদীং
চাং কক কক্লুনা
খরা খরা,
অতুগা তোকথোকউ থংতোক
খরা চাজরগা ওকচবা
খরা ফংজরগা পেঙবা
থেম্বা যাবা মণিপুরী প্রজাগুম
লৈজখিগনি তুমিন্না মখোয়সু
অফ ফত্তা থিরক্লনা।

অহুবু !

হুংশিবদি
ঐহাক্কী
থনম্মু তুঙশিন্দুনা
মপৈ মপৈ
মীয়াম মমাঙদা খঙহন্দা
অরোংপা ফৌগুম সরকারগী
মকম খঙদবা গুদামশিংদা।

হুরান্দুনা
থৈদোরক্লবা
অহিঙ অহিঙ
লোম্না লোম্না ঐঙোন্দা।

অশেংবত্তা তৌজবা
অচৌবা মণিপুরগী ওফিসারগুম

থবক অমত্তং হাঙলকপদা
অনৌবা অমত্তং শেম্লকপদা
মচা মনাও খঙনা চান্নবগী
অমা হাম্না খাকপগুম

ঐগীস্তু—

অমদি মফম
শোয়ফদনা
নঙগী থম্মোয়দা ন্তু'শিনী

ঐ থেম্মোই

নঙোন্দা—

মণিপুরদা কারখানা শাবিবগী কুঙ্গাম্বারীগুম্বনা
মহেশঙ লিংখৎপগী তানিংদ্রবা ঈশৈগুম্বনা
চহী মঙাগী চাউখৎ থৌরাংগী
পাঙথোক ঙমদ্রবা
শিরবা নাউশুম ঈশৈগুম্বনা
তাহম্নিংদে—
ঙসি
থবক শুফম লৈত্রহ্না
অঙাওবগুম কোইচৎ চংলিবা
লাইরবা মৈতৈমচা লাক্ষ লাক্ষ কযাগী
মশাদগী চেন্থরক্লিবা লেপত্রবা হুমা—
ঈগী !
মরীক
মরীক
নহাক্কী নশাদা পাম্মুবী ।

নঙনবু য়াবিরবদি—

চোংথোরক্কে ঐস্থু মতমসিদা
নৌনা মীখলদা কারক্লগা
মশাগী ফিভম ফগৎনবগীদমক
লৈবাক্কী ফনবনি হায়জিন্দুনা
সরকার থুগাইরম্লগা চেন্থোর্কখবা
মণিপুরগী অশিংবা এম এল এগুম-

মরূপ মপাংগী সঙ্গদগী
তোংনা ভিন্নজকবা ইমান্নবশিংদগী
খঙনা চান্নবশিংদগী
নঙগী মুংশিবদা ভিল্লনবা
নঙগী মীয়েংদা পূল্লনবা
নঙবু ত্তা ফংনবা

নঙগী মায়গৈদা
ঐস্থু চেন্থোকলক্কে
চান্নবা।

॥ ১৯৭১ ॥

# অশিবা লাইপোক্কী রাৱী

অহিঙগী মতম ওইরক্লহুনা
ঙাল্লম্বা অঙানবা মুমিৎনা
মসেক মঙালগা কোন্নন।
অমম্বগী মচুবু কৌশিল্লকপদা
ঈথক হৌরকই
বাজারগী মোৎলবা নলা
অপুম অশা নমথিবা মনমদা
শউম কন্না
ইম্ফাল সহর শীনবা থুংনা।।

শমজিরৈ মনম্মা চাইথোক্লহুনা
থুংনা চল্লিবা বিড়িহু
অমুক্তং হাউনা চিংলগা
ঙাঙশিল্লরবা মুমিৎকী ইপোমদা
ঙাঙ্নানা মায়থোঙহু উংলহুনা
মীয়ামগী মীনীলখোল মরক্তা
নাপ্পচীক্লা রারী শারকই

"ঐখোয় মুপাহু হয়েংদগী
লংফৈদা অমুক লৈগ্ৰগনি
করি অমুক খল্লিবনো।"

অপাইবা ঊফুল মরীক মরীকুম
মরী মরী থুংলৈ
এসেন্স পুরবা যাত্রিকশিং

ঙন্না কাবী নহাগী পোৎফমদগী
খোঙ্গুল ময়াম থনম্লগা ।

মীয়াম পুম্বা মুন্না য়েংনৈ
অহাম্বা থরাসনা মীৎফম হোংদে
অপীকপা সতরগী খোঙলম্বী মচাদা-

কুক কুক ইম্ননা চৎনথ্রিবা
খোঙথাঙ তম্না লম্বী চৎপাশিং
মুমিদাংব্রাইগী সনা মচুদা
য়েৎকা ওইগা খুৎশম্নহনা
হকচাং উবা তেরলিন
নৌনা তূবা স্কর্ট
নোক্না নোক্না
লোয়নননা
ফিথূপ কায়রবা ইম্নফি
শমহাৎ কায়রবা কোক
খোয়গা শেৎথরবী নৌ নহা

অহিঙ—
থৈদেলগী মতম হেনগ্রহনা
সরক্তা মী চংনরক্কদা
হুকান অনী কারক্তগী
মনায় খুম্বী মুপী অমা
শকথঙদবা মুপা অমগা
কোইরুপ কোইরুপ য়েংলম্লগা
মাঙখি
গলিগী অনম্বা মরক্তা ।

॥ ১৯৭১ ॥

# অপেনবা

"ঐখোয় পূন্নমক পেল্লসি"
"পেল্লসি"
পেল্লে
পেল্লে

ঐখোয় পূমপেন পেল্লে
ঐখোয় পূন্নমক পেল্লে
ঐখোয় পূমওক ওল্লে।

ঐখোয় পূম্বা চাক্লিবনি
—"গী"—
সহরগী মফম মফমদা
য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংদা।

ঐখোয় পূম্বা অতোনবনি
—"গী"—
মোত্তাই শুদাইনরবা ফীজোলদা
ঐখোয়বু উনিংদবা মরক্তা।

ঐখোয় পূম্বা মীনাইনি
—"গী"—
অরৈবা কুলিগী মপোক্তা
য়ুমদা য়োকপা শাগী পুন্সিদা।

অহবু!

ঐখোয় পূম্বা বাবুনি
—"গী"—

ভুংঙাই য়াইফবগী মওঙগুম

—"গী"—

ৱাত্ত পাদবগী মতৌগুম

—"গী"—

ইনিং তৌবগী শক্তমগুম

—"গী"—

পেল্লে

পেল্লে

ঐখোয় পূমপেন পেনখ্রে

ঐখোয় পূম্নমক পেনখ্রে

ঐখোয় পূমনক পেনখ্রে।

॥ ১৯৭২ ॥

# অপীকপা কা

নূং
চোক্কুপ
লৈঙোয়
দলান

অপীকপা কা
অপীকপা কা ।

॥ ১৯৭২ ॥

জর'সন্ধ / ১১

# ইশাগী ইতিহাস

ঐনা
তমথিনা থাজদ্রিবদি ঐবুনি
লম্বীদা মীয়াম্না হায়নরম্বদগী
অতুমক হায়দোকখি চীনবান্দগী
"য়াম্না ৱারে ঐহাক
অসুম্না লেনবদি কৈদৌঙৈদসু পামদে !"
অতুবু খঙজদে
শোক্লদে থন্মোযদা
অৱাবা করিনো মতমসিদা ।
নোক্লা নোক্লা
ৱা ৱা চৎনখিবদা পূল্লপ পূল্লপ
অতুমক মনোকই মায়থোঙদসু মোমোন
হরাও হরাও
"পুন্সি হায়বসিমক খ্বাইদগী নুংঙাইবনি ।"
অতুবু পেনঙমদে
ফাওরদে পূক্লিংদা
নুংঙাইবা করিনো হৌজিকপু ।
অপূম্বদগী লৈরিবশিংসিদগী
তুক্কচনা হৈনদনা কিজরিবদি
ঐ
ইশাবুনি ।

॥ ১৯৭২ ॥

# উপাই

উপাই অমত্তা হাযবীয্ ঐঙোন্দা।
হিংজখিনবা। পুন্সিসে অমুক্তুং
পুন্সি অমা। ওইনা।
উপাই অমত্তা।

উপাই হাযবু সি মঙাইরে।

॥ ১৯৭২ ॥

# অঙৌবা অমসুং অমুবা

ফুয়ন। ফুয়না হৌরকপা অমুবা নোংঙৌগী মচু লান্না
অতিয়াগী মতম্পাক্তা পাই
তায়। তায়া
অঙৌবা উরোক পরে, পরে,

অা।।

কয়াদা সু,ঙাইজগবা

থাভরুদনা অচুম্বা ফংঙুমই
অযুক্কী লীক্লানা থীকপগুম
চোকথবনা থুইথরবা
ব্লাকচীংগী উপালগী উনা শংদা।

অতুবু লোইশিনখি
খঙহৌদনা

লৌবুক্তা
চাক্তাড নিংবা অশংবা ফৌনাশিংগী মথোঙদা
মিতাজখিবা লৌরী মপান্দা
লিরি লিরি চেম্থিবা খোই খোইবা

লৌখোঙগী ঈচেল মখোনগা
লৌনম্বা যনভেম্নহাশিংনা
থাকলম্বা লাংদা থুরবা
থরাক থরাক য়াল্লহ্না ঈমায়থক্তা
মরায়বক থীরবা শঙ্গু
ওইনা। ।

॥ ১৯৭৩ ॥

# লালহৌবা

মঙলৈবাক্কী মীওই খরা
কাঙবু কাঙবু
লাকই শাউরবুনা তাইবং লৈবাক্তা
অত্থদগী করেম্নরবুন।
নোক্করবুনা খাক্লা খাক্লা
তাইবং লৈবাক্কী মীওইশিংবু

হৌরকই লাল

তাইবং লৈবাক্কী মীওইশিং
নখোয়গীদি নখায় হাপ্পিরমদ্রে
নখোয়গীদি পুন্সি থুংবিরমদ্রে
নখোয়সিদি মী ওইরমদ্রে
শিখিবনা ফরম্রে নখোয় পুম্বা।

খঙলবরা ?

মঙলৈবাক্তদি
মী পুম্বা মশক ফজৈ
য়েংখি য়েংখি পুম্বা পুক্কি, হুরবুনা।
হৈনম লৈনমতনা শীল্লবুনা।
পাখং লৈশাবী লেঙ্গা লেঙ্গা
মানা মানবু পাম্নরবদি নীংনরবদি
নহা অহল খায়দনা।
চংনীংবা মফমদা চংহল্লি।
য়েংনিংবা মফমদা য়েংহল্লি।

ফজবা ফিরোলদা শেংহন্দুনা
অপাম্বা পূম্বা ফংহল্লি
অনীংবা পূম্বা থুংহল্লি

অহুবু কদায়
নখোয়গীদি

তৌ ঐখোযগুম্না নখোয়গীস্থু

কোইরাঙ লাঙই তাইবং নৈনাক্কী মীওইশি
হি ঃ
করিনো ?

ওন্নরম্লে
খল্লম্বা পূম্বা লাম্নরম্লে
তাইবং নৈবাক্কনা হেন্না মুঙাইরম্লে

তাইব নৈবাক্কদি—

মফম খুদিং ফুরা দলানা।
নৈথোকখিবদা তরং ওরংবা যুমদা
মী পূম্বা লাইগী মচাগুম্না হিংলম্মি।
হেন্না ফজবা হেন্না মুংঙাইবা থঙনদনা
ঙাঙনিংবদা ঙাঙবদা তৌনিংবদা তৌবদা
কনানস্থু করিস্থু হায়নরমদ্রে।

নহাশিংনা তল্লক্কবদা নহাগী পুন্সিদা
অহলদোনা অস্থুম
অহলশিংনা কাউঙমদ্রবদা নহাগী মতম
নহাদোনা অহুম

মরাশিংনা মাগী হুপীগী কাদগী
মতুশিংনসু মরাগী কাদগী
হেন্দোক্লখিহুনা

ইকাইবা অমত্তা থম্নদনা
হঙ্গোইবা অমত্তা পোত্রদনা
মফি পূম্বা লৌথোক্লবহুনা

যুমগী হুপাগা লমগী হুপীগা
যুমগী হুপীগ। লমগী হুপাগা
মনুংগা মচলগা মচেগা মৌপাগা
মকুবোক্কা মমৌগা মনেস্বোক্কা ময়ানিপাগা
মপাগা মচানুপীগসু
মমাগা মচানুপাগসু

অচীকপদা হুংঙাইনা
পেন্না
পূন্না হীপমিন্নহুনা লেনবা
অচীকপদা হুংঙাইনা পেন্না
পূন্না হীপমিন্নহুনা লেনবা

য়াবাস্ন ।

ঙক্লা য়েংই
মঙ লৈবাকী মীওইশিং

থাডদবা মতৌসিদা
তাইবং লৈবাকী চৎনবোলসিদা
কূপত্তে মীৎ

তৌরিসিবু মঙলা ?

অহুদগী হনখি
খঙহৌদন।
মরী মরী অমুক তুমিন্না
খাম্ব। য়াদন।
মঙলৈবাক্কী মীওইশিং
মমায় পূম্ব। লূকথনরহুন।

ভম্রূনব। মতৌ মঙলৈবাক্ত।
তাইবং লৈবাক্কী মওঙশিং।

॥ মার্চ্চ ৩, ১৯৭৮ ॥

# নোংলৈ

ট্রেনিং ট্রেনিং ট্রেনিং
ইঞ্জিনিয়ার ইঞ্জিনিযার ইঞ্জিনিয়ার
ডাক্তর ডাক্তর ডাক্তর
এস ও এস ও এস ও।

অমুক অমুক হৌরকই নোংলৈ
অপীকপা ইস্ফালগী লম্বীদা
অমুক অমুক মাঙথি খঙহৌদনা।

থবক ফংদে ভায়
থবক ফংদে
লাইরিক হৈবা নহারোল
ঐখোয় থবক ফংদে ভায।
কোপরেটিব সোসাইটি কোপবেটিব সোসাইটি
ওটো রিক্সো ওটো বিক্সো
যুংনা থৌজিল্লকই
মায়দা মীত্তা
এজুকেটেদ সেলফ এমপ্লোইড
ওটো রিক্সো

লোংনা তাই অশিবা নাচল মযাম
স্থমাঙদা মাঙ্গোলদা মচি মচিদা।

উপাই লৈতে তোম্বা
উপাই লৈতে
কারিদি তৌকনি

এ !

ঠিকা ঠিকা ঠিকা

ঠিকা ঠিকা ঠিকা

ঠিকাদারনা পুমচাই চাই

লাম লামহুনা কোংলকই ঠিকাদারগী মশিনা

চংলম চংমম্বা পুম্বগী উকশনদা ।

অমোংপনা থনবা খুইরম্বন্দগী

গলি গলিদগী থোরকপা

নমথিবা

ওনিংবা অপুম্বা মনম্মা

তপ্না তপ্না কুপশিনথি

চীনবানগী নুংশিবা জারদা মনম ।

মোরে মোরে মোরে

মোরে মোরে মোরে

মোরেদা লাই নৈরে

চাগোক থাই মোরেদা

মীগী

থবাক্কী অতোওবা শক তম্না

তিংথংতনা তকশিল্লকই

মোরে চংপা গাড়ীগী চাকানা ।

॥ এপ্রিল ৯, ১৯৭৮ ॥

# জরাসন্ধ

ঐ ইশানা
ইশাগী লৈজবী শক্তি পুথোক্তুনা
ইশাগী ইখোঙ নাম্মবু ইশাগী খোঙ নাম্মনা নেংলহুনা
ইশাগী খোঙ নাম্মবু ইশাগী ইখূংনা থাঙ্গৎতুনা
নাম্থোক্কে হোৎনরিবা ইশাগী ইশাবু
ইশানা নমহুনা ফাডিনজরগা
ইশাগী কোক্তা লূম্নবা ইশাগী খোঙনা নেংশিল্লগা
করাঙদগী শেং লাউনা
লরাই লেম্ফু য়ৌনা
ইশাগী হকচাংবু ইশান। তংখায় তানা শেগায়রজে,

ঈখেঙ ময়াম্না রা রা হাথরকই অঙাঙবা মচুদা
ঈশিং ঈচাওগুম।

মসিনি পাম্লিবা
ঐগী ইমানা ঐগী ইপানা ঐগী ইযাম্বনা
ঐগী ইতৈমনা ঐগী ইনাওনা
লৈমিন্নরিবশিংন। কৈরোয় লৈকাযশিংনা
মীতোপশিংনা
ঐগীনি হায়না লৈভবা মু শিজরব।
মকপশিংনা।

মাঙদ। তারি
তংখায় তারবা অশিবা ঐগী হকচাং
শেগায়বিরবা মতুম মতুম শম্নদ্রবা

ঙাঙশং ঙাঙব। শন্থুমশিংদা
ক্রিং ক্রিং চোংলি ঐগী হিংনিংলিবা পেলহৌদ্রবা
মিহুলশিংনা

মফম মবাং খঙহৌদনা মশানা যাদনা থ্রদংপিবনা
শাউরবা ঐগী থাবোঙ থীরিলশিংনা
লীংথোরকই তপ্পা তপ্পা য়ানিংদা য়ানিংদা
মপান্দা
মতং
মতং

ঐনা কপচৈ লাউজৈ খামজৈ
ইমীত্তা ইপি তানা হায়জৈ।

ঐনা শীংনৈ শাউরক্লব্থুনা
ইমীংতা ঈ কারক্লব্থুনা হকচাং পুম্বা থক থক নীক্লা

ঐবু হাংপা কনানো
নরিল লৈরবদি থোরক্লে।
করি মরমদগী ঐবু হাংলিবনো ?
মথোয়না থেমজিল্লকই
চানবিবা মীনোক্তা নুংশিনা
ঐগী লেংজুমদা তপ্পা তপ্পা নাম্থবিরক্লব্থুনা
মখুংশিংথুনা

ইবুঙো
নঙদি জ্ঞান তাবনি

নঙদি লৌশিং শিংবনি
নঙদি নবুক ফবনি
নঙদি তিন্নবা খুংঙাইবনি
নঙগুম্বা মীদগা।
সঙ্গ তৌগদবনি।

॥ এপ্রিল ১১, ১৯৭০ ॥

# লেজর বিম

হায়নরকই
নৌনা পুথোরকপা
লেজর বিমগী মেছিন্না
হুমিংকী মহুৎ শিনগ্রবনি

অতুনা কাপথরকই
মৈগী মৈরী
মরী
মরী
লরাই লেম্ফু তম্না
মীওইবগী ।

ফত্রাক ।

অমনবা বোরা অমনা কৃপাশিনবিরকই
মনীং তম্না
ইহাঙ হাঙনা লৈজরম্বা অহাঙবা
মচেৎ অমথক

শামু মখোঙদা
থাঙ্গাল বাজারগী লমলোঙ অহুম ফাংবদা
থোং নম্বোনবী মখোঙদা ঙারী য়োনযমদা
নিউ মার্কেটতা
লক্ষ্মী বাজারদা
হোসপিতালগী গলিদা

ঈন য়োনফমদা
কাংজৈবুঙ পম্নেংদা
সোয়োক্তা
লম্বীগী মতাইদা
মীগী হুকান মমাঙদা
নলা মনাক্তা
মীয়ামগী মপান থোকফমদা
অমাংশঙ মনাক্তা
কদাই কদাইদা
থি থিহুনা
কূপশিনবীরম্মী

অহাঙবা পূম্বা।

কুইদে

ইনৌ নৌনা
তগৎ তগৎ তেক্লা
মোমোন নোক্লা

থিনগৎলকই ঃ

আলু য়োনবী হমু
পুলৈ য়োনবী রাধে
লাইথরোই য়োনবী চাউবী
খাইথু য়োনবী উয়াৈয়ে।

তপ্না তপ্না
মৗী মৗী পাইশিল্লকই

মায়দা মীত্তা
অমোং অকায় স্থন্দোকক্ষমদা
খাউ শাননবা
অফবা চে খুল্লিবী অমুবী স্থপীমচা
উফুল রাইফুল ইতৈ তৈনা,
মকোক ফাবী
রাই য়োনবী তথেল্লে,
অমনবা অফোংপা ফনেক অমগা
কেরোসিন হাবি থাবল্লে,
চিনি য়োনবী থাম্বিকলৈমা
মৈতৈ পাখংগী অনৌবা পান হুকান
মনায় মমিং ফিনা খুমজিন্দুনা
তথেঙবা অহিঙদা
তোংবিনবা থিরিবা
নহা ওইরিবা রিক্সো ড্রাইভর

অত্থবু পাইথরক্লি
লৈনম চাউবী মাধবীদি
অয়ুক্কী মালংদা
অরংবা স্থমিৎকী মঙালদা
উরু উরু লৈনা মকোক ঙাঙনা
কেল্লফাওদা
অরাংবা উপালগী মতোলদগী
লৈথাদা
অশোঙবা নারক তম্না।

॥ এপ্রিল ৪, ১৯৭৮ ॥

## কালেনগী লুংশা

শাবদগী শাবদি কালেন লুংশানি
শারকনি তিংথংতনা কালেনগী লুংশাস্থ।

য়াম্বা য়াই যামদবা যাই ভবা
নেংথরক্লি কমা কমা বিক্লো দ্রাইভরশিংস্থ খনেং
ভনাং মবক্তা।

লৈবিববা য়াই লৈবিখিদবা য়াই
লাউরক্লি কাহৎনা বরফ য়োনবস্থ
বরফ ববয কোমলা ববফ
শঙোম বফ।

লুংহুম হুংডাইরি
য়েংলক্লি হু ডাইনা অহলশিংস্থ পুখ্রিমপানগী
উরুমদগী

ভূমতুম ভূমনিংলকই
ভূমথরক্লি তপা তপা যণবীশিংস্থ সোয়োক্তগী
খোংনাংখোঙদা।

॥ মে ৬, ১৯৭৮ ॥

# থম্বাল্লিকা

॥ ১ ॥

কুচু ঙৌবী থম্বাল্লিকাগী লৈনম্না
ঈংনা ঈংনা
নোংম নোংমগী থিনগাযরকই
মীয়াম মমাঙদা
ত্থম্না ত্থম্না
পাক্লবা সহরগী লম্বেলদগী পীক্লন্দা খুঙ্গংগী
খোঙলম্বী মচাগী
মথবাক ফাওনা।

অরুক অমা খুনদিম্নখি
পূম্লপ পূম্লপ
মী ঙরঙ ঙরঙ তিনথংনরকপদা ইফোং ফোংনা
মীয়াম মমাঙদা
খাঙবা ঙমদ্রবা
হায়বা ইন্দবা লমকেৎ লমহাইবা
লৈকায়গী অঙাওবা পাখংমচা ময়াম অমা
য়েংল য়েংলহুনা
লম্বীগী অহাঙবা
মতাই মতাইদা।

ঙসিদি পাঙথোকপ্রে
নীংবা থুংপ্রে মথোয়গী

খূল হুপ্না তাম্নবিরক্লবা হূরানবগুম তুংদা
লোম্না চেল্লক্লবা অমম্বা অহিঙদা
থংচিনখি মাবু
কোয়শিনখি মায়গৈ মরিদা।
মফম থঙহন্দনা
লুমহুনা লৈরক্লবা হৌদোঙগুম কুইনদগী
লাকথুখি,
অশুম্না
হাইহংগ্রে মাবু লৈপুঙ মকমদা
ঙাকপিবা হৈতনা।

॥ ২ ॥

মখোযনদি কিজখি

অফং অফং লাক্লরকপদা
য়োমশিন্দুনা
অঙম অঙম্বা মুন্নরকপদা
মাঙখিগনি
মহাক্কী তোংশানা
মচেং মচেং শেগাযহুনা
মফম থঙদা
থলহৌদনা মবুক কনাগীস্নু।

কল্লবা খুংশাশিংহুনা
থিরকপদা
মা মাহুনা

মেৎ মেত্তুনা খূবাম তরানা
পেন্না পেন্না
কদাইদা লোৎগ্রবা মণি
মুংন্তিগী মীৎ থকহল্লম্বা
লুট লাক্লবা অহীংসিদা
নোক্লহন। থাক্ল। থাক্লা
থোৎলবা হকচাংগী জাগা শীনবা থুংনা
অফং অফংবা
শেগায় শেগায়হন্না লৎথোরকপদা
মশাদা কূপ্লম্বা ফি

মানা কপলক্কনি মমিত্তা মপি ঈরা চেন্না
মমান্নবনা ফুবিরবা
মমা মপা মশক খঙদ্রবা
নৌরিবা অঙা, পিশক ওইনা
তাকচবা ঙমদনা কনাদম্নু

নমশিন্দুনা থম্নবা শা ওইনা
লাংদা থুরবদা
মারু

মখোঙ মখুৎ অনীমক লেঙবা ঙমদনা

ঙৌরবা লশিংগী থোৎলবা মফোন মথক্তা
অপীকপা লৈত্রক তম্না
চেনশিল্লকপদা ঙাইঙমদনা
মবুক খল্লবা অচৌবা তুরেল কয়া

হাথু হাথু
ঙাঙনা য়ুংনা কৈনা
থিনগায় থিনগায়হুনা
ভোর্ব্বান পূম্বা

জ্বার কারকপদা মখোয়না
য়ৈর য়ৈরহুনা নৈরায়দা
অমমম ওইনা পোকথায়রকপদা
হঞ্জিন হপিন

কুইনা হুম্রুববা মৈগী চা কয়া
কম্মা কন্না
থক থক নীরা
ৎমুডদা

মানা থংলাউ লাউবর্কনি
হন্না হন্না
খাঙবা ঙমদনা
ময়া ক্রক ক্রক চারা
থন্না চেংথায়রকপদা পৃথিবী
থরা চেংথায়রকপদা পৃথিবী
মাগী

য়ৈশিনখিগনি মখোয় পুম্বগী নাকোং
মখোয় পুম্বগী থনুং।

অঙাঙবা ঈথেঙ মরক্কা
কেনগনি মানা তগং তগং তেক্কা
মচেং মচেং

লৈকাদা অরংবা লীক্লা পক্লিবা
লমহেনবা অঙাংনা
হৌজিক্কা লৈখোক্লগী থদংলগা
শেগাযহুন। হুনজেকপিরম্বা।
অয়ূক্কী অঙাংবা খুলাপর্কী
লৈনা ওইনা মচোক্তি মচোক্তি
শীন্থরকপা ঈগী ঈচেলশন।
কূপশিল্লক্নি
মখোয় পূম্বগী মশাদা
হেন্দোকখিহুনা
মখোয় পূম্বগী

ভুংগী যিবেপ ফাঙবা।।

॥ ৩ ॥

অহুবু মাদি মোমোন মোমোন
থম্বাল্লিকাদি মোমোন মোমোন

অহুনক মোমোন নেক্লা
হুংশি মীনোক্কা শুমহৎনা।
নীক নীক লাউরবা অরুবা ঈশিংতনা চোল্লা
অচৌবা পুখ্রিগুম
লংথকপদা লৈতুম মচা অমা অমী
ইপোম থরা থরা হৌরম্লগা

তোকখ্রিবা।।

হুংশিনা কোনশিনবিরকই
মখোয় পূম্বগী ওকশগদা

চেজেং

কুইনা উরুম্রবা
পোকচবী মচাগুম কন্না কন্না
পেন্না পেন্না চুপ্পীরহুনা
হায়রি থূদিঙ ইল্লকই ।

মমাঙদা তারি
ঈ পেন্না চুপ্পুরবা মবুক পেরবা কাকফৈগুম
লেঙবা ঙমদনা
মখোযগী মশাশিংনা মযা, কংশিন্না
উইথরহুনা মমীংশিং
নৈবাক্তা নপাশিন্ন

মানা থকচিল্লি হাউনা হাউনা
নোক্না নোক্না

লমশাঙ লাকপদা
চোকথরবা লম্বী চংপগুম
ঈশি, ঙক্টনা থুজোক থুজোক

মাগী মশাদগী চেন্থরকপা
মখোয়গী মশাদগী চেন্থবকপা
ঈগী মচুম
অমোংপা মচুম

মশাগী ইফুত্তগী
লেক লেক্কুনা মথুবাক্কগী
মচা পোকপদা ঙাইরীবা যণবীগুম
মরৈনা মচাদগী ।

হৌদোরকই
লেপথংলক্লহুনা
নোম নোমহুনা
অশিবগুম তাপ্লবা

মখোয়গী মশাশিংদা

হৌগংলো নখোয় পূম্বা
অমুক হৌগংলসি ঐখোয়
হৌগংলো নখোয় পূম্বা
অমুক হৌগংলসি ঐখোয়
পেনবা ঙমদ্রে ঐদি
ঙাইথবা ঙমদ্রে ঐদি

হৌজিক অমুক
হৈনত্রে ঐদি
মসিদা ।

কান্নরমদ্রে অহুল্ল
হান্নগী মখোয় ওইরমদরে
মপ্পায় পূম্বা অমত্তা য়াওদরে
হৌজিক্তি ।

চিংথংলুই ঙাইঙমদনা
অমগী হকচাং মথক্তা
ওন্থখি মখাদা অহুমক লেকথনা
হীপচিল্লুই মথক্তা অমগী অমুক
ঙম্লক্তনা থিংবা ।

কাংলকখিদ্রে মিন্থলদি অমত্তা
মখোয় পূম্বা মখোয় ওইরমদ্রে
হান্নগী মখোয় চেনখিরম্লে
হনজিন হনজিন হোৎনরকপদা।
অরেম্বদা ওইররে।

ফুনগংলক্লি খৌরাঙবনদি
েহম্না েহম্না
খাঙবা ঙমদনা
নমথবা য়াদনা।

॥ ৪ ॥

মনিং থুংদ্রবদা
থম্বাল্লিক।

শম্লাং পূম্বা থাদোক্লহন।
কীম্বররক্লবা নোংঙম ভুদা।
ঙৌববা হকচাংদা।
মফি ময়েল অমত্তা পক্তা।
চেদা য়েকপা লাইগুম
তোঙ্গানরবা শাবান্দা।
মথবাক অনী লোংথোক্লহুন।
মচীন তুম্না লেঙদ্রবা চীংদোলগুম
থারবা পূক থক থক নীক্লহুনা।
মফৈগল অনী ফ্রং ফ্রং কাপ্লহুন।
মপাম্বোম অনী ব্রাংনা থাঙ্গংলহুন।

থোরকই

তপ্না তপ্না

থম্বাল্লিকানা

ঐখোয়গীনি হাযদুনা লৈজরিব

শকহেল্লবী থম্বাল্লিকানা

মীয়াম পূল্লিব কৈথেলদা

ৰা ৰা লাউনা চংনরিব লম্বেলশিংদা

থাযর থাযরদুনা মীরক্তা

হায়জরকই

চংলম চংলম্বদা

চিংল চিংলদুন ফিজিদা

"ঐবু অমুক্তা কোনশিনবিরম্মুব
ঐবু অমুক্তা পেলহনবিরম্মুব
ঐবু অমুক্তা নুংশিবিরম্মুব
ঐগী নীংবসে অমুক্তা
থু হনবিরম্মুব"

তান্ন তান্নদুনা ।

॥ ৫ ॥

কায়দুনা চেল্লে হৌজিক্তি মীয়াম পূম্বা

মায়গী শলাই খণ্ডদনা

শমজি খাই খাইদুনা

নীংশিংনখিদ্রে কনানা কদায়দা

মানা মানা থোকপা

কনা কনানা কদোমদা
খঙনখিদ্রে
তাম্নরকপগুম্না হিংচাবী অমনা
চাগদবগী তু দা .
পঙচেন্দা চেম্নখ্রে
পূমতাক তাকলক্লে
কনাস্মু লৈরক্রে
হৌজিক্তি
অস্মুক চাউরবা কৈথেল
অস্মুক য়াম্বা মী ।

॥ ৬ ॥

কনামত্তস্মু উরক্রবদা
কনামত্তনস্মু খুম্বীনক্রবদা
শাউনা য়েংলকই পাথংলবী থম্বাল্লিক না
লৈ লৈহুনা মাযগৈ পূম্বদা
কোয়না কোয়না ।

মথস্তা ।

ও ।

ঙসিদি মথন্তা ঙাইরবা
করিগী থাদোকপিরক্লিবা মথন্তা মাবু
করিগী চঙবিরক্তিবা কনানস্মু মনাক্তা
করিগী খুম্বিরক্তিবা কনানস্মু
কৌজবদা মানা
করিগী চেম্নখ্রিবা মাবু উরগা

ক'রিগী কিরিবা ঙসিনা মাবু
ঙইরমদ্রবা অচুবৈগী অহিঙ
সংসার অসে
মথন্তা ঙাইরম্মবা।

হীক্লা হীক্লা কপ্লহুন।
মপি ঈরা চেন্না চেন্না
কৌরকই থম্বাল্লিকানা
মখোয়গী মায়গৈদা ওন্না
নখোয় পৃম্বা ঙাইরমখোকো অমুক
নখোয় পৃম্বা ঙাইরমখোকো অমুক
লাকখিগনি ঐসু অমুক
উন্নখিসি মফমতুদা
অমুক ঐখোয়।

তৌরকই শাপ
নগ্রবদি

শাউনা
মিংলু পৃম্বা পিরাংনা থৃমহৎনা
মখয়াৎ চীক্লা
মশা পৃম্বা থক থক নীক্লা
তুম্মা শিযুকো নখোয় পৃম্বা
পান্দু নিংথৌগুম্মা
তুম্মা শিযুকো নখোয় পৃম্বা
পান্দু নিংথৌগুম্মা।

॥ মে ২২, ১৯৭৮ ॥

# হিরোসিমা নাগাসাকিদগী

হৌগৎলসি
নোংঙাল্লমদাইগী মুশি মুশিরবা মঙালসিদা
ঙরাং তুমথখিবা নোংমগী
লেমহৌবা মঙালদা যেল যেংলহুনা
শিগ্রবা ইমাগী লৈফমদা
থিবা—

কোনশিনবিনবা অমুক্ত চেংনা মথাদা
পীক্লিঙৈদা মচাশিংবু
নুংশিনা হুন্দোক্লম্লগা চেনখিবনি খন্না
ঙসিদি
হিরোসিমা নাগাসাকিদগী থ লবা
ঐখে য ।

কুইখ্রে
অপঙবা অঙাংশিনা
মবেনপোক্কী
ফুনাক মপানগী ফুঙ্গা ৱাবীদা
করম্না ঃ
অহুঙৈ কোম্লুংগী নিংথৌ মচানা
নোংম নোংমগী লুখাক খুল্লগা হিংবা
নলাগী হূই ওল্লকখিবা
কাউঙমদনা

নীংশিঙলকপদা নিংথৌগী মপোক্কপু
কপখিবা
মপি তানা মম্মিত্তা।

ঐথোয়দি লালহৌবনি
ইতিহাসকী মচীনবানবু নুংশিনা
চেজেং কোনশিন্দুনা চূপলম্বদগী
চেল্লকলবনি হন্দোক্লব্রগা।

থিকসিন্না
তাম্মা তাম্না
তোথায় তোথায়
তুম্বক তুম্বক তারিবা খুঙ্গংশিংদা
যুমদোমপোক খূদিংদা
চঙ চঙদুনা
অম্বা চীংশাংগী নাপোম্দা
থোংলবা লম্পাকশিংগী মথক্দা
খূংশন্নরদুনা অশংবা অতিয়াগা
হরাওরবা অঙৌবা নুংশিত্তা
যান্নবদুনা

ফৌনাশিংগী জগোযগী ফীজিদা
সুমিৎনা
কোয়কুরগা অতিয়া থুংনা
চিংথরদুনা কোক্কী নৈ মচুগী ইন্নফ
হনজিল্লকপদা তপ্না তপ্না চীংয়াগী যুমদা
পরেং পরেং মনীং তন্না।

ঙ্গাংমা লান্না পাইগ্রিবা
উচেকশিংতবু য়েংহুনা

লেনখিবরা মতম চুপ্পদা ?
নত্ত্রগা

ম্নুংশিং ম্নুংশানা য়োঙমদ্রবা
অমম্বা লোবম্নুংগী উখা অমদা
খুম্রমদনা
কৌবকপদা উচেক ঙ্গাযানা
অপাকপা চী নুংগী ইফুংাশ কপী
ম্নুংশিববা নাউশুম ঈশৈদা
লৈবমখিবা
কযাম কুইনা তমহুনা

হ লুসিরা
সহরগী মীথু শঙশি দা গুম যমদা
কুক কুক ইন্নবা মী লনবা মৈঙাল
যাঙনা চেনবা গ ডীশি গী
থকচিল্লগা মচুম

পাক্লবা
অমগা অমগা থঙ্গ ইনবা অঙম তান্নবা
অমগা অমগা য়েংশিন্নবা
লম্বেলশিংদা

চংলম্বদগী
মনীং তম্না হাইনা হন্না
অসুম অসুম ঙ্গা খংলক্লিবা দলানশিংগী

সিডি থাক থাক্তা
কাখৎলহুনা তপ্পা তপ্পা
খ্বাইদগী ব্রাংবা দলানগী মতোন্দগী
অতিয়াগী মবুক হোগাযনা
স্বর্গগী মখোঙবু
মখুংনা লামহুনা চিংথগে
হোৎনরম্বা

উথিবা চহী কয়া চুপ্পা

কদোমদনো চোকথরবা
কৈদৌঙৈদনো লেপ্নগদবা
পাখৎলবা
খোঙথাঙশিংসে।

॥ ১৯৭০ ॥

# সার্কাস্‌ৱালা

মীয়াম্মা লম্বীদা মুংত্তিগী থেংনরবদা
জাগা খুদিং হেক্তা লৈরমই হায়রক্লবদা
মুপা অমনা খুমলকই :

ঐগী ইমাজি
        হমুবীনি
মমীং উদ্রে
মউন খুইরে
মঙৈ নীক্লে
মখ্বাং কোল্লে
অতুনা চৎহল্লি
        ঐনা
থোৱী মথক্তা
মীয়ামগী কূম্মৈগীদমক
        মীয়ামগী পেন্নবা।

ঐগী ইপা
থকাংমুক চাউরবা মাগী মকোক
মপোক্তা পূমঙৌ ঙৌরহুনা
শক্ব ঙাক্তুগী থবাক্কা
মখোঙ মখুং অনীমকস্তু লেঙবা ঙমদ্রে
অতুনা চি বি
        ঐনা

শোরো শোরো
মখুাঙদা থৌরী থুরহুনা
তুংদা
ঙাঙলা ঙাঙলহুনা ঐবু ।

ঐগী ইনাও
মাদি ঈ থগাংলল্লিবনি,
অহুগা ইচন মপা
মাস্থ ইনথংল ক্লবনি,
অহুনা কিশিনবি
মথং যেং শুয
ক বল অমমমদা থৌরীনা
মখোঙ মথৃং অনীমক পুনশিল্লঙনা ম.খ.হবু
অমগা অমগা নাস্থোক্লবা হংলন।
চিংন চিংনরহুনা মবানীং ।
নাস্থোক্কদবগী ঐঙোন্দগী
চোংল চোংলহুনা অবে.যবদা
াহংলহুনা পাং ঐবু ।
অহুগা ইনাও অপিথক
মাদি অঙাংনি
সংসারগী জ্ঞান চঙদ্রিবা
অহুনা হাপচিল্লি শারঙদা
কাঙল্লহুনা মরক মরক্ত।
মরোল থঙদবা
ঐনা শকলকপা
ঈশৈ ।

অস্থুম্না চংলক্লি
ঐনা হেক থঙলকপদগী
চহী কয়াসি।

মরক মবক্তা য়েংনিংলকই
ইশাগী শকসে
কমদৌরমগবা
মথোয় য়াঙদনা .

অযুক্কী সুমিৎনা হুন্দোরকপদা তরং তব়
সুমিং যুংবগী মৈশানা হৈথরকপদা মবী মবী
নুমিদাংরাইগী মঙালনা শন্দোরকপদা তঙাং তঙা
করম্না তারমগবা ঐগী ইমি
অহুবু শ দে ঙাইহাক্তস্থু।

মরক নবক্তা কাউথোবক্লে
ইশাগী মিং
হ লুবস্থ য়াংবক্লে ইশাগী লৈফম
মীঙোন্দা

কনাগী মচানো ঐসিবু
কদায়দা লৈবগে ঐসিবু ?

থরনা হায়
ঐসে
থিবা থঙখিদ্রে কুইরে শিথিবা।
খবনা খুম্নকই

নোংমা ঙাংতুনা থোকখিবদগী
হল্লকখিদ্রে অমুক য়ুমদা
থরনা হায়
ঐসে
তমথিবা হিংচাবা অমা ওনথ্রে নোংমা
থবনা তম্নি
ঐসে
খ্বাইদগী ফাওবা সার্কাস ব্লালা অমা
ওইথ্রে নোংমা।

॥ ১৯৭৯ ॥

## অরুবা

অশংবা অতিয়াগী মথাদা
অশংবা ইপোমগা ঈরোইনরদুনা
হোন্দুনা চংলুরবদি অমুক্তং হিনাও অমদা
তপ্না তপ্না
অশংবা ঈথক্তা
শংবানরবা তোর্ব্বান্দা
          নুমিদাংবাইসিদা

আ !

হি হোনবদং য়াননবা
ঈশিং মরীক্তি
নৈরম্লোই অমত্তসু ।

অঙোবা নৈচিলগী মথক্তা তোংদুনা
য়েংলুরবদি য়েংনিং য়েংনিংবা
অরং অরংবা ফুরা দলান
অনৌ অনৌবা লম্বী
চীং পাৎ তুরেল
          তুম্বক তুম্বক

আ।

ফম্বা য়াবা জাগাদি
মচী অমত্তস্থু লৈরয়্রোই

ঙ পুন্সি।

কযাদা ল্যবমশ্রবা
নঙসে।

॥ মে ১২, ১৯৭৯ ॥

# ফজবগী অরাবা

তমলমদাইদদি মঙলম্মী
ফজ ফজববা যূরা দলান।
যাহৌবকপদনা লৈরম্মী
মুশুক মুরবা রাপল মযাম।
আক'শতনা পাইরম্মী
অশ্‌বা তেনরা পরেং পরে,
লৈরক্কনা চংলম্মী
অমুবা সিফায়
শঙ্গু শঙ্গু।

॥ জুন ১২, ১৯৮৩ ॥

# নুমিৎকীদমক

ইকোক অসি নোঙ্গরি, খুরু খুদক লৈতানা
মালেম লৈমা
পুথোকপিরক্লো মুমিৎপু নোংমদোন থক্তা।

অয়ুক য়াহৌরকপনা মপূং ফানা থুংলদ্রিবৈঙে
চিংথোকপিরক্লগা নোংপোকচীংদগী
ঙৌকনবা ফীজোলদা
মশম পাযত্থনা

নমশিনবি করিগী হাথু হাথু
নোংচুপ চীংশাং পরেংদা
মুরৈনবা চীংদোনশিংগী মরুমদা
শূপতেক নাতেক
অঙাঙবা ঈখেঙ মরক্তা
মাবু নঙগী পোক্কবী নচারা ?

ইকোক অসি নোঙ্গরি, খুরু খুদক লৈতানা
মালেম লৈমা
থাদোকপিরক্লো নুমিৎপু।

থরানমিচাকশিংনা কপলি
হীক হীক লাউনা
অমম্বা অহিঙগী অতিয়াসিদা
চাইথরক্লিবা সনা মচুগী পিরাংলক্তা
চিংনজনা
পুন্সিবু।

উচেকশিংনা লেল্লি অহিঙসিদা
থেংলু থেংলুবা মফমশিংদা কদোম্দনো থঙদনা
উশা অমদগী উশা অমদা
কনানা কনাগী
মা মাহুনা অমম্বদা পাইবা ঙমদনা,

শাশিংগী মরক্তুস্থ
উখোঙ অমদগী উখোঙ অমদা
কৌনহুনা
থঙবা ঙমদ্রবা খোঙ্জেল শিংনা.

পুথোক্রপিবক্রো মুমিংপু
মানা শিখিববু নঙগী অপাম্বরা ?

খোঙ্থাং য়ৈররি
ঈশিং চাইবীশিংনা কপথিবা
চৌংনুংদা
মখোঙ মথুং তিংথোক্তুনা
পোকপদা ঙাইবিবা মচা লৈখিদবগী
য়ৈবীবহুনা মথবাক্তা
থুম্বা ঙমদ্রবা নুজাওশিংগী মথক্তা

মাবু নঙগী
নত্তবরা
মিংলুগী পিরা ?

মালেম লৈমা ইকোক অসি নোঙ্গরি
থাদোকপিরে মুমিংপু
মহুমদগী ।

॥ মে ২৭, ১৯৮৫ ॥

# ঙমখৈগী পরিং

ঙমখৈ
য়াম্না থাপ্পা উবিবা ঙমখৈ
হায
খংনৈ মাদি মাগী হৌফমগা।
অতুনা কৌনদে
ৱাস্থ ঙাঙনদে নোংমনা
থোক্লম্মি হান্নদি
          য়াম্না লাপ্পা
                    মবি মত্তা।।

অতুনা লাক্কে
নোংঙাল্লকপগী উচেক ৱাযাগী মপ উ
তাদে
ঙমখৈগী পরিংদা
সন্ধ্যাগী খোঞ্জেল
লাপ্লদমক লাপথোকখ্রি মাযগৈ মরিমক্তা।
                    লোইবা নাইদনা

অতুনা কপ্পি
নোংস্থ ঙানদে
হুমিংস্থু ভাদে

অতুনা উদে
মঙালগী মচেং অমত্তা
ঙমখৈগী পরিংদা ।

॥ মে ২২, ১৯৮৮ ॥

# লৌবুকশিং

থরনা পুরক্লম্মী
ফোং ফোং শাবা চাকশা ওইনা
থরনা চঙ্গীক
ঙরাং অয়ুক্কী
থরনা হৈ-রা
লৈজদবশিংগীনা মশাগী ইকচাং ওইনা
য়োম য়োমহুনা
ফীজিদা
ফীনাদা

মঙনখিবা মঙ ময়াম অমা
ওইরুনবা হৈথা-পোথা
রারবা কান্দা
লৌরাংশূবদা ।

লাপ্পা চেল্লে
খাঙবা ঙমদ্রবা লৌবুকশিংসে
শকফম য়াওদ্রবা মায়থোঙশিং
উরক্লবদা
তাম্না তাম্না চীংয়া তময়াদা
মমীত্তা পিরাং শীঙ্খ শীঙ্খনা
মচী মচীদা
ফৌনাশিংগী মরুমদা
লৌথোঙ মরক্তা

কপথোরক্লতুনা
পেংথোরক্লবা অমুবা কয়লাসকী মহী ওইনা
লোত্তূনা লেপ্লি
লৌবুকশিংনা
মী পূম্বগী খোঙয়াদা
নপ নপতুনা
তুমিন তুমিন
শারবা কালেনগী মৈশাদা।

॥ জুন ১৭, ১৯৮৮ ॥

# এরিয়েল সর্ভে

শোয়খিবনি হায়জিল্লগা শান্নবদা মীয়াম মমাঙদনা
থদংম্পি অমত্তং শিজবা লৈজদনা
লাইরবী ইচাগী মঙকশমগী চবীক পবেং
যুমলোন্নবী ইনাকখুনবগী মচানা।

থেম্বৈ ৱানা।

অহাঙবা অত্তিযাদগী এবোশ্রেন শন্নু দগী
যেংথবকপগুম্না মিনিষ্টবনা ঈশিং ইচাও
কনহুন ফজে তুবেলগুম্না
পবে পবেং।

খুমহুম খুম্বিরকই ঃ

শারবা কালেনগী লৌবুকশিংগী মশাদা
লৈক্রক্ক চংপনি খোয়দ্রিং খোযদ্রাং।

॥ ফেব্রুৱারী ২০, ১৯৮৯ ॥

# চুম্মা লাম্মা

চুম্মা চুম্মা চুম্মা চুম্মা চুম্মা
চমনা

লাম্মা লাম্মা লাম্মা লাম্মা লাম্মা
ইচম চমনা
লাম্মা

এ !

করিগীনোনে ?

অহুদি

লাম্মা লাম্মা লাম্মা লাম্মা লাম্মা
ইচুম চুম্মা লাম্মা

অহুদগীদি

লাম্মা লাম্মা লাম্মা লাম্মা লাম্মা
পূঙচুম চুম্মা লাম্মা

অম্মুম্মা

লাম্মা লাম্মা লাম্মা লাম্মা
ইচম চমনা
পূংচুম চুম্মা লাম্মা ।

॥ মে ২০, ১৯৮৯ ॥

# কৈবুল লমজাউগী শঙাই

মপাল নাইদ্রবা অহাঙবা মালংদা তাউহ্লনা
চংলক্লি পৃথিবীনা উরু উরু লৈনা
হুমিৎ খুদিংগী মাযগৈ খঙদনা।
পৃথিবী অসিনা পুবিরহ্লনা
হাউহুন। চৎলক্লি ঐস্লু অস্লুম
কদোমদনো মফম খঙদনা
কৈবুল লমজাউগী শঙাই

অপুম অশানা ঐগী খোঙনেৎনফম্লি
নমথৌ হাবুংনা ঐগী য়াতাফম্লি
খোঙগুন্দগী চোংখৎলকপা হানৌশিংনা
অনৌবা ঐগী চীঞ্জাক্লি
মতমসিগী জীব

ঐ !
কৈবুল লমজাউগী শঙাই।

ঐগী পুক্লীং লৈতাফম খঙদে
ঐগী মীৎযেং পল্লেপফম লৈতে
ওল্লুবনা মায়গৈনি
থুংলুবনা পস্থুংফম্লি
মতমসিগী জীব

ঐ।
কৈবুল লমজাউগী শঙাই।

য়েক্কবশিংনা ঐগী মরূপ্নি
মথোয়গা মুক্কবনা ঐগী চান্নবনি
কৈবুল মসুংগী নীংতম্বনি

কৈবুল লমজাউগী শভাই।

॥ জুলাই ১৪, ১৯৮৯ ॥

# অয়ূক্কী চা

অনৌবা হাংবা হোটেলদা
যাহৌরকপা খুদিংগী পৃল্লৈ

অহল ময়াম নঙা ময়াম পূল্লপ পূল্লপ
অহানবা অয়ূক্কী
চা গিলাস অমমম ফনবা।

বুদ্রপ
মফম খঙদনা থাজিল্লি
মমায় মমীং খঙদনা
নৌনা পুরকপা যাম
ঈশিং খীক্ক খীক্কহুনা
খংশা মঙানা নোঙ্কইহংপিহুনা।

পদ্রাক
পদ্রাক পদ্রাক
পাদ্রিং পানা খাঙই
তকখায়বিরবগী তুংদা
জি জি শৌনা
অশাবা থাউদা
ঙ্‌াং ঙ্‌াং চাকখৎলক্লিবা ৈরীগী
শেকপা ঙমদ্রবা খাংগী মন্নূদা
ফ্রিং ফ্রি চোংনা।

মীং কূপ্তনা য়েংলি
চাগদৌবগী
অযূক্কী চা থকপশিংনা
মসিনা শোযদ্রবনি থন্না
খুংশ। ময়াম্না তিংথোক্লবক্লহনা
মাগী মাগী শোয়হৌদনবা।

পঙপীদা পীনৈ
চা অমগী
ভল অনীগী
শাক অহুমগী
বোবা তবাগী
মমল।
থরদি শোক্লি
মূকম মূকম
মচা মচীদা যাংলহনা

ঐশোযসে কলনি
বোয়ানি
শাক্লি
চানি

অমুক ভন্তাগী।

॥ নবেম্বর ৬, ১৯৮৯ ॥

# য়েস ওর নো

অনীসিগী মরক্তা কদাইরাইদনো অমদা
হিংলে ঐখোয়গী পুন্সিসে।

সার !

ঐখোয়গীনি
ঐগীনি ইনাওগীনি
ইয়াম্বগীনি
সুপীগী মৌপ্‌বাগীনি মবুংগীনি
ইখুরাগীনি ইনেগীনি
কদাইরাইদনো অমদা

হিংলে ঐখোয়গী পুন্সিসে।

মীগী খঙ্‌দে ঐ
অতোপ্পা খঙদে ঐ
মীতোপকী খঙদে ঐ

য়েস
ওর
নো

কদাইরাইদনো অমদা মফম খঙদনা
হিংলে ঐখোয়গী পুন্সিসে।

॥ নবেম্বর ১০, ১৯৮৯ ॥

# মখা কদোম অরাং কদোম

মহীকশিংগী লৈবাক্তা
তিঙ্গোং কাঙ্গোং ময়াম অমা
মুংঙাইনা লেল্লম্মী শান্নহুনা
অমাংবনা ফুনগাংলক্লবা কোম অমদা

"থেক্কা থেক নৌগা নৌ
মখা কদোম অরাং কদোম।"

মঙক অমুক থিনগাংলকই
অমুক লুপথখি
মুংশা অমুক যাই
অমুক চোংথৈ
অমাংবা মবক্তা
অম্মুম্না লেল্লম্মী
কুমজা কযা মুংঙাইনা।

"তিঙ্গোং কাঙ্গোং ময়াম
মখা কদোম অরাং কদোম"

উক উক লৈ
মঙক ময়াম
অমাংবা মবক্তগী ফাওগাংলক্লহুনা
খুদোম্বীনা থিনবা মায়গৈদা

মথানি মথানি মনীংনি মনীংনি
মমাঙনি মমাঙনি অরাংনি অরাংনি

অম্বন্না লেল্লম্মী হুংঙাইজরহুনা
হিঙ্গোং কাঙ্গোং মযাম অমা
নবূক পূম্বা হন্না লোক লোক
পীক পীক
থল্লহুনা ।

। নবেম্বর ১৬, ১৯৮৯ ।

## স্কলপচর

ব্রা ঙ ঙবা হৈপা মৃক্তি অমগা
নক্লগা।
লে ন থোকপা শা অমগা।

মমিঙশ্বা মশা য়াঙদবা অমগা।
নত্রগা
অহাঙবা ঙাক্তনা শাবা পোংশক অমগা

লেনমিন্নবা তারম্মি পুন্সি চুপ্পা।

॥ জনুৱারী ১৮, ১৯৯০ ॥

# শারঙ

মীযাম্না য়েংনবা থম্লিবা
ইরোইশেম্বগী শাযোকশঙদা
শঙম লাবা অমনা
হংলম্মী সুংতিগী
মাবু য়েংবা লাকপা মীপুম খুদিংদা।

নখোয়গী শারঙনা অসুক চাউরিবা করিগীনো ?

করম্না নখোয়না শারঙ মন্থুংদা
অসুম্না চৎপা য়ারিবনো পূল্লপ পূল্লপ।

নখোয়গী শারঙগী ৱাংমদা করি উবগে
অতুগা মতুগী ৱাংমদনা করি

মতুগীসু ৱাংমদনা করি ?

॥ জানুৱারী ১৯, ১৯৯০ ॥

# নুমিৎকী মহুম

স্বর্গগী লৈবাক্তা
নিংথৌ তুরেলনা পানবদা
থরানমিচাক্কী রয়েলদা
খঙহৌদ্রবা শগুমদা
কায়খিরম্মী থাজদনা
কুইনা শেনজবক্লবা গী মংগী মহুম
কেলঙল্লবই শূদক্তা
থরানমিচাক মথী ওইনা
থবদি।

অঙাং মখৈদ হবাঙজখি
অস্তুক ফজবা অহিংগী অতিযা।
অহল মখৈদি কপখি
হয়েংদগীদি উরবোই
ঐখোযপুম্বা
অশংবা অতিযা
চুমথাং থনবা নুংশা মঙান্দা।

স্বর্গগী লৈবাক্তা
নুমিৎকী মহুম কায়খিবদা।

॥ জানুয়ারী ১৯, ১৯৯০ ॥

# উতোং অহোবা

চুমদ্রি' চুম্বা ঐনদি নু শিনা থমজবা
অপীকপা
অশাংবা উতোং অহু
থা গংতুনা যে বদা

উই

মকোক ফাবী ঐগী যুমগী মুপী
মখিং চনবা ঙমদ্রবী ইচামপী অদোম
মমদনা মচুগী কি তংখাই তংখাই
ফোংচিল্লগা লীৎপা
ইচামপী অতোম্বা।

বাবা বাবা
লাউবকই পিশক পাক্লিবী ইচামপীনা
ঐনা য়েংবদদি
উই
চুমদ্রি' চুম্বা বাবাগী উতোংদা।

যুমলোম্নবগী ফুরা দলাল
য়েংবদদা মীং হল্লবা।

॥ জানুৱারী ২০, ১৯৯০ ॥

# চুম

ফক্লাংগী ফক্লা' ঙাক্লা।
চপ চপ ঙম্বা।
চংলু চংলুবা মফমদা।

মসিবু করিগীনোনে ?

॥ ফেব্রুয়ারী ২, ১৯৯০ ॥

# মহৌশাগী মহৌশা

অনৌবা সরকারগী মৈনদি
মথং মথং থানগৎলক্লি
অহুবু মানদি মহাযরি

মঙালদি অমত্তা উদে।

অনৌবা মন্ত্রীগী লম্বেলনা
অরিবশিংগীস্তু য়াওনা
অস্নুম অস্নুম পাকথোক্লুরক্লি
অহুবু মানদি মরাউরি

মাগীদি চৎফম যাওদে।

ইরম তুরমশিংনা পূমনং লংখৎলক্লি
ননশিনবিরহুনা
খঙজত্ত্রবা খোংবাল লুকপাল
অহুবু মানদি মকপ্পী

মসিদি মহৌশাই মহৌশানিনে

মসিবু করম্না থাজসিবা

মানা উরিবসিনা করিনো?

॥ ফেব্রুৱারী ২৯, ১৯৯০ ॥

# নীংতম্বা

কনাগী নীংতম্বগীনো ঐখোযনা লাল হৌরিবা

কনাগী নীংতম্বগীনো ঐখোযনা লাউবিবা

পেলেষ্টাইন লিবরেসন ওর্গেনাইজেসন
আইরিস রিপব্লিকান আর্মি
জপানিজ রেড আর্মি
কু কুক্স ক্লান
আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেস
খমর রোগ
নোম পেন

কনাগী নীং শম্ববুনো

কনাগী নীং শম্নবনো

জিউ মিলিয়ন তবাগী মমি
মুংখি পৃথিবীগী লৈমাযদগী
শা-শল ওইনা কনসনট্রেসন কেম্পতা।
মনিল ওইনা কবিমত্না খঙহৌদনা
মশী খীনুমদ্রবা মীওই কয়া
এন্তোমগী মৈরিদা অনীশুবা লানজাওদা

মখোয়গী নীংতম্বনা কদাইদা।

যুগ তরা
অশাবা মরুভূমিগী লৈঙোইদা কমুং ওইনা
মমিংতা ওইনা মীওইবা
পেলেষ্টাইনিয়ান রিফ্যুজি
বাঙ্গলাদেশ রিফ্যুজি
শ্রীলঙ্কান রিফ্যুজি

মখোয়গী নীংতম্বনা কদাইদা ?

টিয়ানামেন স্ত্রীত :
থোৎলবা থবাক্তা
লুমলবা যোৎকী টেঙ্ককী চকা,
চহী শুদ্রিবা অঙাংশিং কারখানাশিংদা
লুমলবা কোকথোঙ কোকথক্তা
কয়লাগী খনিশিংদা মুপাগী
মায় ওনশিন্নবা মাপনা অঙৌবা জাতিশিংগা
অমুবা জাতি
মসিনা করম্বা নীংতম্বা ?

কনাগী নীংতম্নবগীনো ঐখোয়না লাউরিবা।
কনাগী নীংতম্নবগীনো ঐখোয়না লাল শোন্নরিবা।

কনাগী নীংতম্ববুনো ঐখোয়না খিরিবা ?
করম্বা নীংতম্ববুনো ?

॥ মে ২১, ১৯৯০ ॥

# অরাংবা অনেম্বা

অরাংবদগী য়েংবস্তু ফজৈ ঃ

অরাংবা অনৌবা দলাল মথোল মথোল
অতিয়া তম্না,
য়েংথরুকপদস্তু অমুক লৈথা তম্না
মী পূম্বা
পিশক পিশক
জীব মচা মচা ।

অনেম অনেম্বা যূম
নেম্পক নেম্পক
লৈবাক্তা নপশিন্না
খোযদ্রিং খোযদ্রা,
লৈরক মচা মচা
কোম্হো, মচা মচাশিংনা

॥ অগষ্ট ৪, ১৯৯০ ॥

# ওস্ট্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস

কদোমদনো হৌজিকপু নহাক থিরুগদবা

ওস্ট্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস

অশোঙবা নারক ঙসিনা অরাঙবা সহর
উচেক ৱায়াগী খোঙ্গেল হৌজিক্কা লাক্লবগী মুন্নবগী
পাং তুরেলগী ঈরাওথোল মতমসিদনা মীকপ মীরাওথোল
অশংবা তম্পাক্কী মহুৎতা
অকংবা লৈক্‌লা

কয়াদা ৱারবা
ঙসিদি
নঙগী লম্বেলশিংসে

ওস্ট্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস।

করিগীনো নহাক্না লেপখৎতুনা চংলমলিবা ?

কদোমদা চংগ্রবা নহাক্কী
থরানমিচাক্কী মায়গৈ।

নঙদি ৱা ঙাঙলমদে
নথন্তা !
তুমিন্না
মরূপ মপিজাস্থু লৈজরমদে
মহুনা হেন্না ফরমলে ?

করিবু থল্লম্বগে নঙনা মতমমহুদা
অহাঙবদা য়েংহুনা।

মতম অমদা শা
চীংদা মান্দা চেন চোংহুনা শান্নজরম্বা
ননীং তম্না
কয়াদা পেনভবমগা মতমতুদা ?
ঙসিনা শীংথানরবা মীওইবা
সভ্যতাগী শারঙ মঙ্গংদা,

ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস।

॥ অগষ্ট ১১, ১৯৯০ ॥

---

( হৌভিজ্জী মপমগী মীওইবগী মপা মপুনি হায়না নীংনবিবা Australopithacus Africanus আফ্রিকদা চহী মিল্লিয়ন ২গী মমাঙদা লৈবম্মী। হৌগৎতুনা থোঙ অনান, চেনবা ঙমলম্মী অমসুং মখুৎনা ন্যুঙ লবা অমদি খুৎলায় ওইংসু শৌদিন্নবম্মী হায়না থাজনৈ )

—EVOLUTION PUTH MORE

# লায়রবা মতৈ মনাও

হো

লুখাক কোমদা

শাংলরবসু

সনারৈ অথোনবনি

সনারৈ অথোনবা

ঐসে।

অদু এইরসু।

ইন্দক নপোক্কীদি

গে বিন্দগী ভকশমদদি

স্রুকয়ৌ য়ৌররোই

স্রুকয়ৌ য়ৌররোই।

॥ অগষ্ট ১৮, ১৯৯০ ॥

# লৈ কংসি

তুমিন তুমিন
খুক খুদক কুন্দুনা
লৈ কংসি
মৈতৈ মচা অশেংবা ঐখোয়দি
মুংশিল্লিদনা লৈ কংসি
তুমিন তুমিন।

অমম্বা অহিঙগী ইতিহাসকী চেনা মরক্তা
অমম্বা মচেং মচেংনা পূর্নশিন্দুনা
মঙাল অমা শেমদুনা কুফেং কাফেং
মঙালশিংদুনা লৈ পরেং শেমদুনা

অথৌবরা থৌদবরা
অচঙবরা চঙদবরা
লৈশেম্বরা শেমদবরা

ঐখোয় পুন্নপ পূন্না
ইশামক মুক্তি ওইনা
লৈ কংসি
খুক খুদক কুন্দুনা।

॥ অগষ্ট ২০, ১৯৯০ ॥

# নোংঙাল্লকপদা

নোংঙাল্লকপদা
অয়ুক্কী ৱায়বা ৱায়ীশিংনা পল্লুক্নি
তথকপা অরংবা নীল্লা ওইনা
অশংবা উনাশিংগী মবাদা
অয়ুক্কী পাউ চেশিংনা
তত্তনা তমলবা তানীংত্রবা পাউ ।

অহিংয়ানা লেপ্লম্মী পন্দুনা
নীংথায়বা ঙমদনা
অমুবা চীংদোন্দা শংবাননা ।
থাজনা য়েংলম্মি চেপথ চেপথ
অহিঙ চূপ্পা মীংশেল থাঙনা
মনীঙগী ৱাপল মতোন্দা ।

হৌজিক্কি শাৎকায়রে ফুগাযনা
মোংফমশিংসে
লম্মাঙ লম্মাঙদা ।

॥ সেপ্তেম্বর ১৪, ১৯৯০ ॥

# যু ঙাওরবা অহিঙ

অমম্বা মুমিদাং—

নহাকস্থু হেক হেক থকপাবনে যু
মতমসিদবো ?

করম্না লেল্লি নঙদি ?

ঐখোয়স্থু খঙজি

অমম্বগী মঙাল অমা লৈজৈ
উহনবা ঙম্বগী শক্তি
অমম্বদা।
মতুনবু মীৎ থকহনবা।
ঙমগদৌরিনবনে
হৌজিকপু।

অমম্বা মুমিদাং—

করিগী লাউ খোংদ্রিবনো।
মৈ লাকত্রবা সোরোকপিদা
পেনবগীরা পেন্দবগীরা।
নত্রগা।
করিস্থু খন্দবগীরা ?

নহাক্কী য়ুগী মনম়দি থুমহল্লি মীপূম খুদিংমক্কী
চীনবানবুদি

অহুগা নঙনা
কৈস্নু ত্তৌদবা শানা
তুমিন্না লৈবা
চীং লেম্না ।

॥ সেপ্তেম্বর ২৯, ১৯৯০ ॥

# দূর্গা পূজা

অরাংবা চীংদোম্বগী চাইথরকপা ঈশিং চাইবীগুম
ইনা ইবেম্মনা কামথরকই ঈগী মহী পেরে ওইনা
পেল্লবদা
বর !

চরনদা চঙজংদা মঙক য়াঙদ্রবা
মনাইশিংগী মথক্তা তা তাহনা লৈরিবা
কোকচনবা পাপকী মপৈ
হন্দক নপোক্কী
মীওইবা ওইনা পোকচবগী ;

ইমা ইবেম্মদি
মথুং তরা লোঙবীনি
অহুনা চায় চানীংবত্তা
লাক্লগম্সু নিরগম্সু লম্বেলদা ;
কনানা থিংলুনি পাঙ্গল কনবীনি মহাক্তি
লৈ নাকয়েত্তা অকনবা মনাইশিং
অহুনা কংলি
ধুপ আরতি ।

ইমাগী মান্দপস্থু
লৈবাক্কী য়াংলেন শরুদা শাগংথিবনি
অঙম অথৌ মন্ত্রীশিংনা
থাখি অনৌবা ফিদাশিংস্থু ।

অহুনা থুই লাংদা

খ্রিং খ্রিং চোংনা
ইমাগী লাইমাংদা

নাম্মা শোয়রবশিং
মখোঙ তেক্রুবশিং
মথুং ককগ্রবশিং
এমীং তাঙলবশিং
মযুম মকৈ লৈজদবশিং
মমা মপা লৈজদবশিং
মরা মপুরোইবা লৈজদবশিং
থবক ফংজদ্রবশি

ককপিনবা মখোয়গী মঙক
ইমাগী ঙকশমদা থোন্নবা।

কযাদা নীংখিরবা
ঙসিদি
দূর্গা পূজাগী সুমিৎসে
ইমাগী মূর্তি।

॥ ওক্তোবর ৬, ১৯৯০ ॥

## শ্বর ফুনবা

কমদোনা নুংশা শ্বর অসি অমুক্তং হোনসিগে
মসিগীনি ৱারিবা।

ঙাশিংনা চোংখংলক্কুনা কংফালদা
চেন চোংহুনা
ঈশিং ওইনা,

মীশিংনা ঈশিং মনুংদা
ঈরোইহুনা
চাহুনা
লৈকুংহা
লৈরাইদা

শান্নরম্মী নুংঙাইনা
লৈকং ওইনা।

অহুবু থন্নরম্মী মখোয়গী মবক্তা
কমদোনা নুংশা শ্বর অসি অমুক্তং হোনসিগে
মসিগীনি ৱারিবা।

ঈশিংনা কংফাল্লা
কংফাল্লা ঈশিংলা
থঙজ্রে মখোয়দি হৌজিক।

॥ ওক্তোবর ২০, ১৯৯০ ॥

# খোঙচৎ

খোঙচৎ অসি করিনোমা তৌরে
হেনগৎতুনা লাক্লে তুংদা লৈহৌরবশিংনা
মাঙদা অমুক ।

যাম্মা যাঙনা চংলি
হয়াগাড়ীনি ত্রেল্মি এরোপ্লেন্মি
জর জর পঙহেন্দা হেনগৎলি ।

অতুবু অমুক লৈরম্লে

ফজবা লম্বী
লম্বীগী মীয়াম
নাকলগী উপাল
অশংবা লৌবুক
অপাকপা লম্দাঙ
অশূকপা জঙ্গল

অরাংবা চীং
মাংদা অমুক থংতুনা মুশিল মুনা
হৌজিক্তা হেনগৎতুনা চংগ্রবশিং
চুমদ্রিং চুম্বা লম্বেলসিদা

মশাদি যাওদনা মতুং থক্তা লেঙবগুম্না
খোঙচৎ অসি করিনোমা তৌরে ।

॥ ওক্টোবর ২৩, ১৯৯০ ॥

# কেলেঙ্গুরগী লাই

অফিস কাবগী লম্বেলদা
য়োল্লম্মী থার থারজ্নুনা
মথল মথল লাই
মচু
মচু
সোরোক্কী মতাই মতাইদা

হৈমা
কৈনো

মৈতৈ লৈশাবী অমা
কেলেঙ্গুর মম্নুংদা চঙথ্রে।

লৈবাক মচাশা
লৈবাক মচাশা

গৌঙ্ক্ক্ত্তা লম্বীদা চংলম্বা
ইনথংলক্লিবী মুপী মচা অমা
ছাপা তৌবদা ডাইরিবা
কেলেঙ্গুরগী ফজরবা লাই ওইনা
য়োম্থোকথ্রে হোডনা লম্বাগী লাইয়োনবনা

করিনো

করিনো

নাকন্দা লেপলম্বা পাখণ্ড মচা অমস্থু
খণ্ডহৌদনা অঙাং শান্নবগী
অশাবা য়োং ওয়োকখ্রে।

মীয়াম পূম্বা সোমদা অমুক্তা
মীয়াম পূম্বা সোমদা অমুক্তা
করিনো অমা তৌরে
করিনো অমা তৌরে।

লম্বেলদা লাকপা মী পূম্বা
পঙচঙদা চঙনখ্রে
মচু মচুগী মখল মখলগী
ফজ ফজরবা কেলেঙরগী
লাই মম্নুংদা।

॥ নবেম্বর ১৪, ১৯৯০ ॥

# সাহিত্যগী সভা

সাহিত্যগী সভাদা

থিনৈ শৈরেং
পানৈ ৱারীমচা

শৈরেংগী লৈতেংনা হুমহুনা পুখি
ৱারীমচাগী পাউনা খোন্দুনা চংখি।
সমালোচকী নৈনবদা উংনরিঙৈ
চঙলকই নারোন্দা মোং হাদনা
চা য়োনবা রাম
থীরৈ মীশিং মঙকত্তনা নোমহুনা।

পীরম্বগী মহুত্তা থোরাংলবা চা
হাপচিন্দুনা পুখি তিল্লম্লিবা মীশিংগী মশীং
অহাঙবা কেটলিদা।
পীক থল্লা
মথুম চেংনা খুমজিন্দুনা।

॥ নবেম্বর ২৫, ১৯৯০ ॥

## হৌদোঙ মুবী

মাস্থু নত্তে
নঙস্থু নত্তে
মসিস্থু নত্তে
মথং মথং থাদোকখিবস্মী
ৱানা লুমহুন।
মচাশিং পিজনবা ফারকপা
উচি মচাশিং
খুবাম হুংদগী
খুজিন্না বন্না

চপশিল্লগ্নদগী

কাইনথদ্রা
নখোয়স্থু নত্তে
অস্থুন্না চাথোকখিবস্মী
পোকপদা ভাইরিবা মচাশিং
ইনাক খুনবা ইমুংদা
শঙ্গোমতনা কেনা য়োল্লকলবী
মারোল খঙলবী হৌদোঙ মুবীনা।
য়েনখাদা তুমিন্না।

॥ ডিসেম্বর ৮, ১৯৯০ ॥

# অমম্বা অহিঙগী মচু

অমম্বা অহিঙগী মচু
নহাকপুত্তনি ঐনা
খোৗরাংনা ঙাইজরিবা ।

তপ্না তপ্না মমশীল্লকপদা
মঙাম্না চঙফম লৈরকত্রবসিদা
নঙনা লাকপগী শউমদদনি
হোনজরিবা হুংশা শ্বর ঐনা ।

অমম্বা অহীঙগী মচু
নঙগী অমম্বগী মঙালনা
কুপাশিল্লি মী পূম্বগী মায়থোঙ,
নঙগী অমম্বা নত্তম্বাক্তা
মীং উইশিন্দুনা শান্নরি হুংঙাইনা
মীং পাংনা পাংনা ।

অমম্বা অহিঙগী মচু
পুরো খুং শম্লহুন।
পাক্লবা নঙগী
অমম্বা তাইবং শিন থুংনা ।

॥ ডিসেম্বর ১৬, ১৯৯০ ॥

# সহর অমসুং থুঙ্গং

সহর

চাউজররকপনি ঐদি নঙগী লম্বেলশিংদা

কোথোক্লহনা থুং হং হন্তুনা

হৈনগ্রবা ইঙ্গিংশিংনা।

রা ডাঙদনা চংনবগী, তুমিন তুমিন শাউশিন্নবগী,

তৌশিন্নবগী

কুক কুক ইন্নবগী

য়ৌঙমদবগী।

ঙমদ্রে হিংবা

অযুক মুংথিল মুমিদাং, নহাক্কী খ্বর,

থবাক্তা য়ৈরকপা মীহুল, নঙগী শকফম য়াঙদনা

অহুনা কোনশিঞ্জে চেজেং নঙবু

অতুগা

নঙনা ঐগী সহরনি।

অমুবা মীংস্না অনী

তরু তরু

মৈনা পুমঙান ঙাল্লবা মী চংত্রবা

অহিঙগী পাক্লবা সহরগী লম্বেল ;

কুফেং

কাফেং

পাগী জগোই নোকমি নোকমি তৌরহুনা মাঙদা
পরেং পরেং ঙানখ্রিবা মৈঙাল তাম্না তাম্না ;
মরোঙ মরোঙ শন্দোকখ্রিবা অমুবা কয়লাসকী
লম্লেলশিং

লাপ্না লাপ্না মুরৈননা
কাচিন কোয়া য়ৌখ্রিবা

চাইথরক্লিবা শম্নাংশিং নঙগী অঙৌবা লাইবক্তা,
ফাওগনি ঐনা অরোনবা লম্বী পূম্নমক

নঙগী
হনজিন হনজিন শানৈ যুনৈহুনা
হাইনা হুম্না
ইথন্তা
নীং তম্না চত্নুনা।

নঙগী শাথেক
পামজবা খুঙ্গংগী লম্লেল
মোংহাদনা থেক্না খোয়না
খুল য়ৌখ্রিবা ঃ

চিংল চিংলতুনা ফিজিদা অশংবা লৌবুক
থৈদোক্লহুনা হঙ্গোইজনা
ঙৌকনবা লৈচিলগী কোক্কী ফিগা
নাকন্দা লেপলম্বদা অমুবা চীং,
অরংবা পাৎকী ঈশিংদগী থক্তোরকপা মশেক
মুমিৎনা য়ৈবদা

নঙনা হম্না য়েংলম্বা ঃ

অহুনা খুনগংলি ঐনা

চেনশিন্দুনা

নংগী খজাইদা হৌজিক্তা কেল্লবা

অঙাংবা আতৈরগুলাপ অমা

ইটীনসিনা পাম্মুজনা ।

॥ জানুৱারী ২৩, ১৯৯১ ॥

# শকফম থরা

১

চপ্পা য়াবমথৈ চুপথোক্লবা
অকংবা চুগং ওইনা মচেং মচেং
কাও কাওহুনা শান্নে ইচানা হরাওনা
শুমাংগী পাক্লবা জাগা শীনবা থুংনা
হৌজিক্তা লৈরকপা ফজরবা মাগী চুশাং

ঐদি পঙকপ্পা কপনীংলুই
তৌরিবসিবু উরগা
নুপীস্তু কপ্পকই
হৌজিকসিবু কবিনোনে ?

২

নোংজাবীশিংনা চাশিল্লক্লফাও
লেঙদনা লৈ অমংবা নোং খর্বদি
যেংসি
ঐখোয় যাওদনা
মখোয়গী ফঙবনা কদাইদা
অত্তিয়াদবু।

৩

য়াহৌরমদাইদা
য়ুমগী অহোবা কাচিন্দা লীংশীল্লকপা

মঙালগী মচেৎ অমা
শিরবোই নীংলুই ক্রিং ক্রিং চোংনা
মথন্দা থোরী য়ানজহনা
মিরাং অমদা
ফেরে ফেরে হাইরকপদা
নাম্থোক্লবগা ফানবগা হোৎনরকপদা
মিরাংদা থুরবা তীলগা মিগা
মঙান্দুদা।

8

নিংথমগী অযুক্তা
লৈচিন্না লরৈ
ঙৌকুনবা অপাবা ফিজিনা
মুমিৎপু তুংদগী মমীৎ খুমজিনবিহুনা
শাউগল্লবা মুমিৎনা ওইনৈ
লাপ্না চেস্থোক্লক্কুনা তুমিন্না লেপতুনা

ফনবু মুংঙাই
মী পূম্বদি চারি
অহাউ অহাউবা চাক এঙ্গাং
মুংশা য়াইর যাইরহুনা।

॥ মার্চ্চ ১০, ১৯৯১ ॥

# চাক্লীবা অমসুং উচেক শঙ্গু

ঐগী মীৎলুদদি থূমজীল্লকই
পিরাংনা
শীঙ্খরিবসে চাক্লীবশিংগী
থনূংদা
থোক্লকপা ওমদা মপান্দা

কেনা কেনা অফিস ক.নরিবশিং
লেম্না লেম্না
হাথু হাথু চৎনরিবশিং য়োৌহৌনবা
পুল্লপ পুল্লপ
নাইতোম তাহৌরবশিং
মাগী মাগী থবক্কী
ওয়্নবা

তাঙ্খোকপিরকপ.গী
চৈবিরকপগী
নোক্লবিরকপগী
তুহংপিরকপগী
হিংনিংলুবদা। ।

থঙহৌদনা এঙ্খোরকই
চাক্লীবশিংসে মাঙদা
থাজদনা

তাম্না তাম্না পাইত্থুনা চংঙ্গ্রিবা
ব্বানা
লৈবাক কয়া কয়া লাম্না
অনৌবা চাক্তাফম থিখ্রিবা
উচেক শঙ্গু শঙ্গু

য়েংহৌই ইথন্তা
খুং থাংগৎতুনা
কয়া য়াম্না লমথুংফম য়ৌরমগবা
কয়া য়াম্না হল্লক্কবা
অৈত্তনা করি ওইরমগবা ।

করিনো ?

পাইথৎলক্লে ঐগী হকচাংস্থু
তপ্না তপ্না অতিয়াদা
য়েংনা য়েংনা,
অহুদগী ওল্লহুনা উচেক
পাইহুনা চংথিরম্মী মখোয়গী মতুং ইন্না
কোয়না কোয়না য়েংলহুনা
লৈর-লৈরহুনা ওক
মনীং তম্না
মশা খপল-খপলহুনা
চাক্তাফম থিরকপা উচেক শঙ্গুশিংগী ।

॥ মার্চ্চ ১০, ১৯৯১ ॥

## য়াইং

মন্দিরশিংসিবু
পন্নবদগীরা মূর্ত্তিদমক
অহুগা করিগী শাংকায়হল্লম্লিবা
নৈরাংশিংবুদি অকোয়বদা।

মূর্ত্তিশিংসিবু
য়েংবদা খুংঙাইনবদগীরা
অহুগা করিগী কপচরিবা
পেন্না
উহনতা নৈরিবসিবু য়েংজরগা।

॥ এপ্রিল ১১, ১৯৯১ ॥

# লায়রবী ইমাগীদমক

ইমা
নঙদি লাইবক থীবীনি
অত্তুনা ননশিনজৌ নথক্তা
অমুবা চীংলোন মাপল্লা
লেঙবা ঙমজদনা

ইমা
নঙদি লৈজদবীনি
অত্তুনা কংহল্লু লৌবুক লম্খাং পূম্বা
অশংবা মচেৎ অমত্তা
পকহন্দনা ।

ইমা !

নঙদি লুখ্রাবীনি
অত্তুনা থূমহল্লু মীংলু পূম্বা পিরাংনা
থিরকপদা নচাশিংনা
ঈঙাঙ পাক্তকননা
মপা মপুশিংবু

ইমা নঙগীদমক ।

॥ এপ্রিল ২১, ১৯৯১ ॥

## ধৃষ্টরাষ্ট্রগী লৈবাক্তা

প্রজা পুম্বস্নু ধৃষ্টরাষ্ট্রনি
নিংথৌগী ৱায়েলবু কিজককবনা।
অহুনা পোক্লকই ধৃষ্টরাষ্ট্র চাম্মা চাম্মা
ধৃষ্টরাষ্ট্র চাম্মগী মচা ধৃষ্টরাষ্ট্র লীশীং লীশীং
ধৃষ্টরাষ্ট্র লক্ষা লক্ষা।

নোংমা থিরকই
নিংথৌ ধৃষ্টরাষ্ট্রনা ভীমবু
হাৎকদৌবগী কোনশিল্লগা চপথায়বীহুনা
ধৃষ্টরাষ্ট্র অমদগী ওনখিবা
দুর্যধনবু হাৎখিবগী লমন।
ধৃষ্টরাষ্ট্র অমদগী ওনখিবা
শ্রীকৃষ্ণ অমনা অমুক
থাজীল্লী
য়োৎনা শাবা ভীম অমা,
অসুম্না হাৎলি ধৃষ্টবাষ্ট্রনা পেঞ্জনা
য়োৎনা শাবা ভীম অমমম
মাগী লৈবাক্তা মুংতিগী।

হৌজিক্তি ওনপ্রে
মী পুম্বা
ভাবনা শাবা ম্নায়াগী
য়োংকী ভীমগ

॥ মে ২৬, ১৯৯১ ॥


